মহৈ-মশিং লায়শঙ, মণিপুর সরকার মগী মতেং কাংলবা —

# সোংমেম

[ ঐতিহাসিক কাব্য রূপক ]

নাটক



তোম্বি: এস: বঙ্গজম



বীণা মন্দির

# অইবগী ঙশুবা লাইরিক

অফোঙবা :—
কে, নারায়ন সিংহ
নাওরেমথোং,
ইম্ফাল ।

লাইরিক ইবা মতমঃ
১৮/৫/৬৭ ইং দগী ১৪/৬/৬৭ ইং ফাওবা
২য় খুৎনম—এপ্রিল, ১৯৭১
মশিঙ —১,১০০

মমল লুপা ৩·০০


---

*MONGYAMBA*
Drama
**I. S KANGJAM**

---

ফংফম : -
বীণা মন্দির, নাওরেমথোং
ইবেমচা হোম লাইব্রেরী কোংপাল
পিঃ পিঃ ষ্টোর, জিরিবাম
অমসুং
ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং

নম্ফমঃ—ডি সোস্যেল লুখোই প্রেস, পাওনা রোড, ইম্ফাল ।

# ঐগী খরদং

"মোংয়াম্বা" ঐতিহাসিক কাব্য রূপকনি। মণিপুরগী ইতিহাসকী শরুক মচেৎ অমত্তং লৌথৎচদ্রুনা ইরুবনি। য়াম্না হৈ হায়বা উৎনবা ইজবা নত্তে; ইনিংবগী নেশানা ঙাওখিত্তনা খঙদ হৈত্তনা ইখিবনি। ইরুম্ববনিনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকনিংবগী নেশা অমুক চুরে লাইবক ফবনা ফোংদোক্লবগী থুদোংচাবা অদু মণিপুর সরকারগী মহৈ মশিং লোয়শঙনা পীবীরে। থুদোংচাবা অসি হেক ফজবগা পাবীরিবশিংগী মফমদা থুনা লাম্থোকচনবা হোৎনজরি।

লাইরিক অসি ফোংনবা হেৎনবদা ঐগী মরুপ শ্রী এন, মংলেম সিংহনা মী মকোক য়েকপীরকপা, এটাম ব্রোস এণ্ড কোংনা ব্লোক শাবীরকপা. ডি সোসিয়েল লুখায় প্রেসকী মীওইশিংনা লাইরিক নম্বা থৌদাং লৌবীবা অমদি মরুপ-মপাং খরনস্থ প্রুফ নচিংবদা ইত্তেং পাংবীবা — পুম্নমক অসিগী লমন ঐনা তোনশিজরে।

পাবীরিবশিংগী থুক্তা ঐগী লাইরিক অসি লৈবা উজবা মতমদা ঐনা মতম চঙনা থিজিন-খোৎচিনজদুনা লাইরিক অসি ইজবগী মহৈ য়াল্লে নিঙজগনি।

শজিবু নিন্থৌং ৪নি
চৈরাউবা

আইং এসং কাংজম
১৪/৪/৭১

# মীশিংক-মীওই

## নিপাঃ—

১। মোংয়াম্বা : মৈতৈ নিংথৌ।
২। পেয়াঙ্গু : খাগী নিংথৌ।
৩। ময়দনা : খাগী হিংচাবা।
৪। তপোই নানা মচা : মৈতৈ মায়চৌ।
৫। লিয়ো : খাগী অঙৌবা।

মৈতৈ নিপা অনি, খাগী নিপা অমা, খাগী পাওমী, থোঙশঙবশিং অমদি মৈতৈ অমস্তুং খাগীগী অতৈ খোগম্নাইশিং।

## নুপীঃ—

১। কাইনৌ চাংবোম্বী : মৈতৈ লৈমা।
২। থাগী নুপী অমা।

---

* নাটক অসি কনাগুম্বনা শান্নবীগে থনবান্নবদি শান্নবীত্রিঙৈদা অইবগা হান্না উংনবীহুনা শান্নবা য়াগনি হায়বা "অয়া-চে" (পার্মিশন) অমা লৌবীয়ু।

—অইবা

# 'মোংয়াম্বা'

## অহানবা তাঙ্কক

### ১বা উৎপা

### থাগী লৈবাক

( লম্বীনি ; ময়দনানা থাগী মুপী অমা শোয়ো-শোয়ো চিংহনা পুরকই । মুপী অহনা কপ্ত না চৎলোইদবগী য়াম্নে ; মাবু কনবিয়ু হায়না লাওই । )

ময়দনা— হা হা হা.... ...

কপ্‌কম্মু মুপী, লাওগম্মু ।

ময়দনা ঐগী খুত্তগী

নংনা কৈদা লীৎকনি,

ভম্লোই থক্‌ চেনবা।

লাওবা-কপ্পনা কাম্লোই,

নথরায় হিংনি নিংজুম্মু ।

তাল্লকপা তম্বা কয়া,

নপূম্নোইমকস্মু ওইসম্মু ;

মথবাক ঈয়ম ফাত্তুনা
য়াইবী চায়গে লোইনমক !
হা হা হা........

নুপী — (কপ্তুনা) নত্তে, ঐবু থাদোকউ।
ঐবু ফাগন্নু হিংচাবা,
ঐবু থাদোকউ।

ময়দনা— নংবু থাদোকপা !
হা হা হা.. ...
..চীন মচা অপিশক্তুনম্ন
ঐবু হিংচাবা চিঙ্গোইবা ?
হা হা হা......
খঙঙু নুপী !
ঙসি কোয়ৌ ফাওবদা
ময়দনা ঐগী খুত্তগী
নাম্থোকপা কনা য়াওব্রে ?
পাঙ্গল শোনবী নংদি
লশিং মফোন্‌গা পাংথকনি,
কনবদা ঐনি থোয়য়বা
তম্বা কয়া-কয়া
নয়দনা ঐগী ইথুত্তা
য়াইবী মৈয়া মুৎথ্রবনি।

মখোয়গী থম্মোয়গী ঙ্গৈ
থুজোক থুজোক থক্লবা
ময়দনা ঐনি খঙঙু ।

নুপী — (কপ্লুনা) নত্তে নত্তে,
হো কনা কনানো
ঐবু থরা কনবিয়ু ।

ময়দনা— হায় অপঙবী !
ময়দনা এগী ইমাঙদা
লেপ্[illegible] [illegible]া কনানো ?
কপ-লাওবগী মহুত্তা
ঐনা হায়বা য়াও ।
ঐনা নংবু হাত্তুনা
নংগী শদোং চাবিরোই,
তালোয় শীংদা চন্দ্রনা
মোংবা ইরাংয়াইদা থম্বীগে ।

নুপী — (শাওনা) করি হিংচাবা ?
করি নতিক লৈহ্না
ইপূরোইবা লৈবী ঐবু
নংগী তালোয় ওইহনগদোরি ?
মতগুম্বা নংগী রাখলহুদি
ভাইবংদদি হায়রুম্ন,
মঙলান্দা ফাওবা ওইখোক্লোই ।

ময়দনা— হা হা হা
লম হেল্লেদা মুপী!
চরাম্নরবা নোংশাগী মমাঙদা
শক্তি মচানা খোশাবা
নোক্তনা করম লৈশিগে।
হা হা হা ...
নিংথিজনা হায়বদা ইন্দ্রবদি
ঐগী ইতিক খঙঙ্ দো ;
নংগী থম্মোয়না পামদবা
অদ্ভুত ঐনা তৌগনি,
কপচেম্পী মুজা নহাকপু
তালোয় শাঁংদা চনগনি।
(ময়দনানা মুপীদু শোয়ো-শোয়ো লাক্তুনা চিংখোকখি।)



# ২ শুবা উংপা

## খাগী কোনুং

(খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু তাঙ্‌বন্দা ফম্মী। মাগী নাকল অনিদা খাগী অঙম্বশিং ফম্মী। মতুংদা মনাই অমনা হুমাই হুম্মী; তা পায়বা মনাই অনিনা মমাং ওইরপ্পা নাকল অনিদা চপ-চপ লেপ্লুনা থৌগন তৌরি।)

পেয়াঙ্গু — অঙম্বশিং পুন্নমক।
হন্দক মরক অসিদি
খাগী নিংথৌ ঐহাক্কী
উনবী পুক্লিং খোয়রাংডি।
পায়মা অসি লৈতানা
লৈবাক ঙাকপবু ঙমদ্রে।
ময়দনা হায়বা অসিনা
মশাগীতা হেক য়েংহুনা
লৈবাক কাংখোং চাইহল্লে।
মুপী-অঙাং খাক্কনা
হাৎনিংবদা হাৎ, তৌনিংবদা তৌ
মনিঙ-মথা তম্বসিদা
লাক্লবা ওয়োক্লা হাদৌমি।

মাবু হাৎকে হোৎনয়ে,
কান্নবা কৈস্নু মরৈন্তে ;
হোৎনরুবা অপুম্বা
অয়েম্বদা ওইজুনা মতোক্লে ।
মাবু অশুম থাদোক্লে
থাগী লৈবাক মাঙদৌরি,
করি করম তৌসিগে
অঙম্বশিংস্নু থনবিয়ু ।

লিয়ো— (হৌগৎলগা) থঙত্রেদা ইনিংথৌ !
ময়দনা মাগী মমাঙদা
লৈজরম্বা পায়মা লৌশিংথৈ
লোইনা পূম্পঙ পঙত্রেদা ;
থাঙ্গৎলকপা পোরম খুদিঙমক
লোইনা ময়া খুমলেদা ।
করি করক তৌসিগে ।
হায়ফম্ থঙদে ননাইস্নু ।

পেয়াঙ্গু— থঙত্রেনে অঙম্বা !
হীরম অসিগী থনবদা
তুম্ফম-চাফম থঙত্রে ;
ময়দনা মাবু হাৎনবা
অহিং সুংথিল অনিদা
রাখল হীরী কোনবদা

নৌনা লৈমন চন্দুনা
পুন্সি অসে কেমদোরে ।
( মনাই অমা চঙলকই )

মনাই— ইনিংথৌ !
তম্বা নিপা অম,
য়ায়েন-য়াকং পুত্থনা
সনা য়াথং ঙাইশ্নহৌই ।

পেয়াঙ্গু— অদুদি চঙহন্নবউ তম্বদো ।

লিয়ো— ইনিংথৌ !
লাক্লিবা তম্বা অদো
অতৈ মরমগী ওইরম্লোই,
লমাংহনবা মযদনাগী মায়রোঙ্গা
য়াকংপা শে'য়দনা ওইরমনি ।

পেয়াঙ্গু— অদুম্বনি অঙম্বা,
মযদনাগী য়ারম নত্তনা
অতৈ অমা ওইরয়োই ;
মাগী য়া ঙাক্তনা
নিংথৌ ঐগী নাককাংসে
ওম্মোক্লা রাই চিল্লেদকো ।
(থাগী নিপা অমা চংলকই )

থাঃ নিপা – থাগী লৈবাক্কী মপুরেল্

তোল্লবা ননাই ওইবনা
খুরমজরি সনা খুয়াখাদ ।

পেয়াঙ্গু—হায়য়ু তযুম !
য়ারা করি চিঙ্গাইনিংঙি ?
নিংথৌ ঐগী ইমাঙদা
চিংনবা লৈতনা চিংঙ্গে ইয়ু ।

থাংনিপা— চানবীহৈবা ইনিংথৌ !
চানবীয়ু তোল্লবা ননাইবু ।
পলেম পম্থো লৈজদ্রে,
ইচিন-ইনাওম্ব শাৎচ'দ ;
ইদোম লৈবা পুন্সিগী
অরা-নুংঙাহ' ইথে'ঙলোয়
ননাই ঐগী তালোয়দো
ময়দনা কৌবা হিংচাবা
পায়মা পুকচেল ফত্তবনা
পৃথিগ্রে ঙসি ফাহনা ।
ননাইগী মঙলান কায়হনবিয়ু,
তালোয় মাবু কনবিয়ু ।
লৈবাকী মপু ওইবনা
ননাই ঐগী অরাবা
সনা নোংদম তম্বীয়ু ।

পেয়াঙ্গু— তাও তম্বা !
লমহেল্লবা ময়দনাগী থাকম্
থম্নরমলিবনি ঐখোয়স্থু হৌজিক্তা ।
তয়ুম নংগী তালোয়বু
ময়দনানা ফাখি তাবদা
নিংথৌ ঐস্থু মুংঙাইতে ।
নিতি-মুংবুম খুদিঙগী
মানা ফাহ্লনা চাবদা
থাগী মীশিং হম্বরক্লে ।
অহ্লনা তম্ব-ও !
করি করম তৌরগা
ফত্রবা মাবু হাৎসিগে
তত্তনা খল্লিবনি ঐহাকস্থ ।
( ঙহাক মুন্না খল্লগা ) তাও অঙম্বা !
নিংথৌ ওইবা ঐহাক্লা
পোরম অমা কঙজগে,
পায়মা থাখল তৌবিয়ু ।

লিয়ো— করি করম্বা পোরমনো
তাকপীসিদা ইনিংথৌ !

পেয়াঙ্গু— অসিনিমা অঙম্বা—
ময়দনা হায়বা হিংচাবসে
থাগী মচা ঐখোয়নদি

লাক্লবা শুকওম ওম্নয়োই,
হাৎকে হোৎনবা ফাওবদা
মহৈ য়ানবা ওমদরে।
অতুনা অওম্বা,
ঐনা অম্মুম্ খনবদা
লোনম অমা তৌতুনা
খাগী লৈবাক অসিদগী
ময়দনা মহাক চৎহনগ্রসি।
হারম খানা পাংবদা
পোইরৈ মৈতৈ কংলৈপুঙ
মনিপুর সনা লৈবাক্তা
থাগ্রসিনে মহাকপু -
মৈতৈ হায়বা কাওলুপসিদি
লাইগী মচা মশুনি,
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
পাঙ্গলবদি নিপানি।
লাইগী মচা মহাক্না
ময়দনাবু হাৎপা ওম্বা য়াই।
পোরম অসি নত্তনদি
ফত্রবা ময়দনাবু নমথনবা
অতৈ অমা লৈতরে।
লিয়ো — তাকপীরিবা য়াবা অদো

অচুম্বনি ইনিংথৌ।
অতুদা —
য়াবিগদ্রনে মৈতৈ নিংথৌনা ?

পেয়াঙ্গু—অতুবুদি অঙম্বা,
মৈতৈ নিংথৌ মফমদা
য়াবিনবা হায়ঙ্গবা তারেদনা।

লিয়ো— হোয় ইনিংথৌ '
হায়জ' ৱারোল ইৱগা
তম্বা অমা থাৱসি।

পেয়াঙ্গু—মতুমক তৌসি অঙম্বা।

লিয়ো— হায় হায় পাওথাং পুবা
থৌগল্লাই কনা লৈ ?

পাওমী—(চঙক্লগা) ননাই লৈজে অঙম্বা !

লিয়ো — ইনিংথৌগী পাওজেল পুহনা
পোইরৈ মৈতৈ কংলৈপুঙ
য়োনবা চক্তবা য়াদ্রে,
থুনা শেম শাকরো।

পাওমী— তাকপীরিবা সনা য়াথং
লুরেনথক্তা হাপগরি। (থোকখি।)

পেয়াঙ্গু— তম্বা নথোয় 'মা
ময়দনা মাগী মনাক্তা

থুনা য়াঙনা চৎখ্রো ;
নিংথৌ ঐগী য়াথংনি,
হৌজিকমক মক্ষম্ অসিদা
খোঙদোয় হুল্লক্কবা য়াদে
চিঙ্গোইরুচো মঙান্দা ।

থৌগল্লাই—ননাই চৎচরুগে ইনিংথৌ !

( তা পায়বা থৌগল্লাই অমা চৎখি । )

পেয়াঙ্গু - তম্বা নহাক ৱারম্ব ;
হৌজিক ময়দনা লাক্লগা
নংগী তালোয় অদুগী
মথৱায় কনবা ঙম্বৱা
নিংথৌ ঐনা ময়েংগে ।

( থৌগল্লাইদুগা লোয়ননা ময়দনা চঙলকই ।)

ময়দনা - ( নাপল তৌনা ) খাগী নিংথৌ !
ময়দনা ঐবু কৌবদি
য়ারা করি হায়নিংঙি ?
খাগী মীয়াম পূমবসে
নোংম-নোংমগী অমমম্
ঐগী চাকথাক ওইনা
হুনগে হায়না য়াররা ?

পেয়াঙ্গু— ময়দনা !
ওসি কোয়ৌ মুমিত্তি

নিংথৌ ঐ বা-হায়গে ;
য়াদবা থক তৌগন্নু ।
খাগী লৈবাক অসিদা
ন৲না তৌরিবা লীচৎসে
ওন্থোক্লা চুমদবা অমনি ।
নংস্সু খাগী মচানি,
ময়ামসিস্সু খাগী মচানি ।
খাগী-খাগী য়েংথিনরগা
করি তৌজবা লৈবগে ?
নংগী কাংলুপ হাৎপগী
ফত্রবা লীচৎসে থাদোকউ ।
ঙসি কোয়রৌ অসিদগী
মী হাৎপা তোকলো,
নংগী নিতিগী চাকথাক
ঐনা শোয়দনা হুনগনি ।

ময়দনা — খাগী নিংথৌ !
ঐনা পাম্বা চিঞ্জাক্তি
তাইবঙ মীগী শদোংনি ।

পেয়াঙ্গু— উম, নংনা পাম্লিবা শদোংদো
ঐনা শোয়দনা পীগনি ।
খাগী মচা অমত্তা
ঙসিদগী হাৎপা য়াস্রে ।

ময়দনা— অহুদি নিংথৌ !
করম্বা তাইবঙ মীগী
শদোং ঐনা চাগনি ?

পেয়াঙ্গু — মহু ঐনা তাকনি ;
হায়ম খানা পাংবদা
চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবা
লৈবাক অমা লৈবনি,
'পোইরৈ মৈতৈ কংলৈপুঙ
মনিপুর সনা লৈময়োন'
কে'লোয় অসি কৌবনি ।
লমদম অহুদা চৎলগা
ননিঙ তৌনা লৈরুচো,
লমদমহুগী মৈতৈ নিংথৌ
পেয়াঙ্গু ঐগী লোইনি ।

ময়দনা -- ফরে অহুদি নিংথৌ !
ঙসি কোরৌ মুনিহুগী
খাগী লৈবাক খাদোকহুনা
মৈত্রবাক লমদম পাংলগে । ( চৎকে তৌই । )

পেয়াঙ্গু— ঙাইখো ময়দনা ।

ময়দনা — করিনো নিংথৌ ?

পেয়াঙ্গু— নংনা ঙসি ফারুবা
মুঙ্গা অহু হিংলিব্রা ?

ময়দনা — হিংলি,
ঐগী তালোয় ওইনবা
ইরাংযাইদা থম্লিদা !

পেয়াঙ্গু — মতু যারোই ময়দনা !
নংনা ৎসি ফাকুরিবীদো
মপুরোইবা লৈবী মুপীনি ।
মাবু তালোয ওইগে
অতুম্না থক থনগমু ।
মৈত্রবাক লনদনদা ৎেলগা
মশক-মতৌ ফজবী
মফমতুগী মুঙ্গাশিং
নথরায়না অপাম্বতা থন্দুনা
নংগী তালোয় ওইকচো ।
ঙসি ফাকুরিবী অতুদি
পীথোকখ্রো অমুক মপূরোইবদা ।

ময়দনা - মতু যারে নিংপো !

পেয়াঙ্গু - তম্বা !
ময়দনা মাগী মথুক্তগী
নংগী তালোয অদো
অমুক ফংজবা যারনি ।

থাঃনিপা — ইনিংথোগী থৌজালনি ।

পেয়াঙ্গু — ময়দনা !

নরাংয়াইদা থল্লিবী মুপীদো
শিন্নখ্রো মাগী মপুরোইবসিদা ।

ময়দনা - ফরে নিংথৌ !
তম্বা ! ইল্লকউ ইতুং ।
( ময়দনা চৎখি, খাগী নিপা অহুম্মু মতুং ইন্নখি ।)

পেয়াঙ্গু— উরেদনা অঙম্বা ?
করি লাইনবু চানবনো
উচিন্নদি য়ারে ময়দনাসে ;
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
মাবু হাৎপা লাই-নিঙসি ।
অতুগা—
মৈতৈ নিংথৌগী মকমদা
পাওমী থাবগী থবকসু
অঙম্বনা শোয়দনবা শিল্লোকো ।
ময়দনা মানা য়োঁদ্রিবৈঙ
পাওমীনা হাম্না য়োনবা
নিংথিজনা শিল্লুকো অঙম্বা ।

লিয়ো— ইনিংথৌ !
ননাই ঐনা শোয়দনবা
শিঞ্জগনি নিংথিনা ।

পেয়াঙ্গু— অহুদি অঙম্বা,
লোয়শঙ ফম্বা লোইশিন্নসি।
হৌজিক্তি শরুায়দা বুনখ্রো,
য়ৌগ্রগে ঐস্থু পোত্থাশঙ।

লিয়ো — ফগনি, লেঙশিনবিরো ইনিংথৌ !

( খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা মাঙ থারগা অঙম্বশিং অমদি থৌগন্নাইশিং পুন্নমক মথং মথং চংখি ।)

---

# ৩শুবা উৎপা

## মৈতৈ কোনুং

( অহাঙবা তাঙ্বন। তাগা চুঙোয়গা পায়বা নিংথৌ মনাই অনি চপ লেপ্তুনা তাঙবন অতু ঙাক্লি ।)

থোঙ্জেল—( মনুংদগী ) ইনিংথৌ মৈদিঙু মোংয়াম্বা
বায়েল-চৈরাক লোয়শঙদা
সনা খোঙলেঙশিল্লক্লে।

( শেম্বুঙগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা নিংথৌ মোংয়াম্বা চঙলকই। মতুংদা মৈতৈ অঙওশিং অমদি থৌগল্লাই-শিংসু মাগী মাগী তাঙবন্দা ফম্মী। )

অপোই ননা—( হৌগৎলগা মথুং লোন্নহুনা) ঐবু লোইবা লৈমাবা
ননাইবু লোইবা ইনি থৌ
ঙাঙোই লৈবাক মপুংবল !
ননাই নপু ওইবনা
ঙসি কোন্নৌ নোংজাদা
হারম অমা অনিদং
হঙ্গৎচপে সনা খুয়াথাদা।

মোংয়াম্বা—তাকপীসি ইপু তাকপীসি।
অমা অনিদা নত্তনা
তরেং তরা তাকপীসি।

অপোই ননা -অসিনিমা ইনিংথৌ !
হারম অরাং পাবগী
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু
উশিত্তেদা লাইমস্থ;
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্ববু
কিবা কৌবা মরৈতে।
চহি কুমজ্জা খুদিঙগী
লোইপোৎ কারকউ হায়রবু
বা ওইনা তাদেদা।

অহনা ইনিংথৌ,
ঐখোয়না অসুম্ ভুমিন্না
থওইদনা লৈংথোক্রবদ
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু
অথোই-বাপঙ্গ কাগ্রনি ;
মৈতৈ নিংথৌ পাঙদবনি;
য়ান্না খোন্দা কনবনি
পায়মম্নুংদা খনগ্রনি ।
অসুম তৌরবদি নিংথেম,
নবুধৌ পাখংবগী সনা-ঈ
মৈতৈ কাঙ্গ্লুপ অসিগী
ময়েং তাথবদি ওইগনিদা ।

মোংয়াম্বা—অচুম্বনি ইপু !
মৈতৈ ঐগী কাঙলুপ্পা
অমকপা খোয়ী লৈফয়াই ।
ইবুধৌ ইবুংঙো য়াইফবা
নোংদা লাইরেল পাখংবগী
মীংচৎ থীবা থোকফয়াই ।
লমহেনবা পেয়াঙ্গু মহাকপু
মৈতৈ ইতীক খঙহনফে ।

অঃ ননা—অচুম্বনি ইনিংথৌ !
নবুধৌ পাখংবগী সনা-ঈ

ময়েং ভাবা ওইকরোই ।
ঐখোয় মৈতৈ কাঙলুপনি ;
মৈতৈ ইপা-ইপুগী
হনবা লৈতবা থৌনাদো
লোইনা লৈ ঐখোয়দা ।
সনা য়াথং পীনবিয়ু,
খাগী লৈবাক্ ভকখায়গে ;
কম্লাক কুরু শুংলবসু
শাম্ম পাঙ্গল ময়েং হন্দ্রিনা ।

( থোঙশঙবা চঙলকই ।)

থোঙশঙবা—( খুরু-খুদক কুন্দুনা ) সনা খুয়া খাদা
নমাইনা পূনেমজরি ইনি থৌ !

মোংয়াম্বা—হায়য়ু থোঙশঙবা !
য়াম্বা করি চিঙ্গোইনিংঙি ?

থোঙশঙবা—ইনিংথৌ-ও য়োইমরেল !
ননাইনা পূজবা মথোঙদা
খাগী লৈবাকী পাওমী'মা
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুগী
য়াম্বা মপাও পুদুনা
থুংলদুনা লৈহৌরে ।
খাগী তম্বা নহাকপূ
সনা নাক অসিদা—?

মোংয়াম্বা—উম. থাজিল্লকউ থুনমক ।

( থোঙশংবা চংখি। )

অঃ ননা - নিংথেম !

থাগীনা পাওমীকপা থারগ্নিবসিবু

করিগীদি ওইরিগবা ?

মোংয়াম্বা খঙদেদা ইপূ !

মরম অদি লৈরগ্নি,

য়ৌরক্লগা খঙবা হায়বত্তুনি ।

অঃ ননা—ইপূনা হায়বদি নিংথেম,

হুয়েল লালকা শীংত্তুনা

মমং থিররিবরা হায়বনি ।

( খাগী পাওমী চংলকই। )

পাওমী— মৈত্রবাক' মপূরেল অথোইবা

থুরুমজরি ননাই পাওমীনা ।

মোংয়াম্বা-হায়য়ু খাগী পাওমী,

নবুংঙো নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা

মৈতৈ নিংথৌ ইফমদা

য়ারা করি চিঙ্গোয়রকই ?

পাওমী — মৈতৈ নিংথৌ ইনিংথৌ !

খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুগী

হায়জ' চে 'মা পুত্তুনা

ননাইনা সনা নাক অসিদা — ।

মোংয়াম্বা—অহুদি পাওমী !

খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা

করি করম ইরকপা

পাহুনা অহুক তাহল্লু ।

পাওমী — ফগনি ইনিংথৌ !

( পাবা ) পোইরৈ মৈতৈ কংলৈপুঙ ।

মণিপুর সনা লৈময়োনগী

কংলা ফম্বাল 'থক্তুদা

নোংঙাল্লমদাই শজিক্ - থবাঙম্

নতিক নয়াইগা লোয়ননা

ফুদোংহুনা ঙাম্থোইবিরিবা

মৈতৈ নিংথৌ মরুপলোই,

নপীজা খাগী ঐহাক্না

নোঙ্গ' রারোল খরদং

খঙহঞ্জখিবনি নকমদা —

খাগী ঐগী ইফমদা

লাক্ল-ফান' হুমদ্রবা

ময়দনা হায়না কোলোয়বা

লমহেঞ্জবা তম্বা অমনা

লৈবাক ঈরাং হৌহল্লে ।

নমু তাইবংগী শদোংতনা

মাগী চিঙ্গাক্ ওইনবা
মশিঙ নাইদনা হাক্তোক্লে ।
থাগী নিংথৌ ঐহাক্না
লমকেং-সমহাইবা মহাকপু
হাংকে তূপকে হোংনবা
ঙম্বা কৌবা লৈতরে ।
ঈচেলনা হঙ্গংনা চেন্দবগুম্
মতম্না অমুক হল্লক্কংগুন্
লমহেনবা মাগী নাপল
হনবা কৌবা লৈতরে ।
কোয়ৌ ঙুমিৎ থুদিংগী
অস্থুম নরাঙ' হেল্লকপনা
নিংথৌ এগী ইথক্তা
রায়েল চৈরাক লাক্কৌরে ।
অচুনা মকপলোই—
মৈতে নিংথৌ নহাক্তি
নবুধৌ পাখংবগী সনা-ঈ
লাইগী মচা মশুনিদো,
তৌঙমদবা নংনা লৈতেদো ।
লোনম রাহিনা পুন্দুনা
থাক্কগ্রবনি নফমদা,
ময়দনা কৌবা মহাকপু

মৈতৈ নিংথৌ নহাক্না
য়াইবী খরা চায়বিয়ু।
তৌবিমন্দি কাউজরোই;
খুদোল পোৎপূ কৎচগে;
চহি কুমজা খুদিঙগী
মৈতৈ নংগী নফমদা
লোইপোৎ তত্তনা কাজগে।
— হায়জরিবা নপীজ্ঞা
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু।

মোংয়াম্বা—খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
হায়জরক্লিবা য়ারাসে
করম তৌসিগে ইপূ ?

অঃ ননা—ইনিংথৌ !
মৈতৈ কাঙলুপ ঐখোয়দি
মীতোপ 'মনা হায়জ্ঞবা
য়াদবা খক তৌরক্কে,
ইপা ইপু হাক্তুগী
কায়ফত্রবা চৎন-লীচৎনি।
খাগী খারোল তাবিরে,
নিংথৌ ওইবা নহাক্না
পায়না খাখল তৌবিয়ু।

মোয়াম্বা—চুম্মী ইপু !

পেয়াঙ্গুনা হন্দক চায়জরকপা
শোয়দনা য়াবীফম থোক্লবনি ।
থাগ্রে হায়না হায়রক্লবনিনা
ময়দনাস্থু শোয়দনা থুংলরনি ।
মতো করম তৌরগা
য়েক্লবা ময়দনা হাৎকনি
রারম অসিতুম খন্নসি ;
মতিক ময়াইদি ওস্থোক্লা
লৈ হায়না তায়দকো ।

অঃ ননা—অহুবুদি ইনিংথৌ !

মতিক ময়াই কনবনা
খাগী নিংথৌ মহাকনা
হাৎকে চোৎনবা চমদ্রহুনা
মৈতৈ ঐথোয়' ইফমদা
থারক্লিবনিদনা নিংথেম !
ননাই ইপুগী রা'দি
নবুধৌ ইবুংঙো পাখংবা
সনা কোম্ভিন্ তুথোকপা
হায়জ-পুনেমজসিনে,
নবুধৌবু ইরাৎ-থৌনিজবদা
মতেং' মঙাল উৎপীরক্লবদি
শোয়দনা মায় পাকপদি ওইজগনি ।

মোংয়াম্বা—চুম্মী ইপু !
ইবুধৌ পাখংবনা পেনবীরবতদা
নগুগী য়াইফবা ওইগনি ।
অং নন্যা—অচুম্বনি নিংথেম !
নবুধৌ মাগী থৌজালতনা
লৈবাক মরা তপ্লিবনি ।
পোইরৈ মৈত্রবাক্কী য়াইফবদি
লৈরে নবুধোগী স্না খুত্তা ।
মোংয়াম্বা—থাগী পাওমী !
ননিংথো পেয়াঙ্গুদা হায়রুরে',
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
ময়দনা হাংকে হায়না
হরাও হরাও য়াহৌরে ।
থাঃ পাওমী—লাইবক ফবনি ইনিংথৌ !
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
কোরৌগী মশেকনা ঙানবগুম্
তাইবঙ ফাওনা ঙানসনু । ( থুরম্লমগা চংখি । )
মোংয়াম্বা—ঙসিগী লোয়শঙ রাতানবদি
মতাঙ অস্বায় অসিদা
অম্মম মরোইশঙসি ইপু !
অং নন্যা—সনা নোংদমনি নিংথেম !
( নিংথৌনা মাঙ থারহনা মথং মথং থোকখি । )

# ৪শুবা উৎপা

## মৈতৈগী লমঃ চীং

(মৈতৈ নিপা অনিথক চীংদা শীং য়ান্দুনা লৈ।)

মৈতৈ ১— পাংমল শীংজা লাংবসে
ওন্থোকনদি য়ায়দকো;
কোয়ৌগী মশেকনা য়েংবদা
হকচাং অসে চোকখ্রে।
মতম্ অসি ফাওবদা
শীংপোৎ ফাবদি মরেংতে।
খোইয়ুম মাদি নোংদম্বনা
লাইরব' মিন্তম্বীবনা
কয়াদি য়ারবা পুন্সিসে।

মৈতৈ ২—খঙব্রেদা পাথৌ-ও!
লাইরব' মপোক ওইবনা
য়ানা-য়ানা লেল্লিদা।
ঙসি কোয়ৌ নোংজাসে
ঐস্থু লাইমা চোকথেয়ে;
পাম্বোম্মা তম্তুনা চোংলিবা,
মীংনা মীৎ চোংলিবা
করি থোকবনো খঙব্রে।

মৈতৈ ১—করিবু তৌগবনোদা ;
বাংল' লোইবী 'থকসিদা
পামেল্প শীংজ্য লাংবনা
বামন্দুনা তৌবনি, মুংনাংলুহুদা ।
মৈতৈ ২—হোয়দহে পাথৌ !
লাইর' মপোক্তা পোকপগী
অরা' পূন্সি ওইবনা ·
রাখলনা পঙথন খনবনি ।
কোরৌ মাগী মশেকসে
ওমচাকনরেদা লাইমসু ;
অহৈবনি নহাক্তি,
শৈংহক 'মত্তং শৈদম্মুদনা ।
মৈতৈ ১—করম্বা শৈদাদা শৈমগদবা
য়াক্লবা মুংশা অনিদা ?
অা মাঙদা উরিবা
তালা পামেল অচৌবসিগী
মখোঙ উরুম থাসিদা
ঙহাক পুঙ্গোয় ফমহুনা
মালং ঈচীক্তুম থেমগুসি ।
মৈতৈ ২—হোয়নে- হোয়নে চৎসিনে,
তালা মনাক য়োবা ফাও
শৈশক অমদি শৈদম্মু ;

মুজা মাদি শকহেনবী
নশানৌ মাবু থাহনা।
থুম্লঙ মতেক অমত্তং
অহুক মহুন্দোকউনে।
মৈতৈ ১ —করিনোনে পাথৌ ?
অম্বুক ব্লাব্ল' তাঞ্জাসিদা
লোইবী চীংথক অ'দবু—।
অতাবা কনা য়াওগ্রগা
ঙাওই হায়রোইগ্রা ঐথোয়বু ?
থুম্লঙ ইশৈ হায়সিদি
কোব্রোনা নারল ব্লায়রকপা
মালংবদি নামিবনা
লিরি-লিরি হুমলকপা
লৌবুক্কী ফোনা মখৈনা
ঙাথু-থেংহু তৌহনা
জগোয়' থুংথেক পীরবা
ব্লাংলেন তাঞ্জা অহুদা
ইশানৌ মাবু থাহনা
শক্কদরা শৈশকনি।
মৈতৈ ২—অহু ওইরবস্থ পাথৌ
হেক্তমক্ মশকউ ;
তাগদবা ঐনা য়াম্নিয়ে।

লোইবী চীংথক অসিদা
তম্বা ঐখোয় 'নিদনি,
নম্ব কনাবু ভাগবা।
ওহাক পুঙ্গোয় পোথাবদা
নংগী ইশৈদু তারগা
ঐগী থম্মোয় ইণ্ডগেনে।

মৈতৈ ১—হোয় নংনা মহায়রবদি
শকপা তারেদনা পাথৌ!

মৈতৈ ২—হোয়নে-হোয়নে শকওনে।

মৈতৈ ১—(খুল্লঙ ইশৈ):—হা শানৌ ইবেম্মা মুংশিবী,
থংলেন মাঙ্গদবু পাম্মুবী!
ঙসি কোয়ৌ নোংজাদা
য়াংল' লোইবী থকসিদা
কোয়ৌগী মশেকনা য়েবদা
আ···পাখংগী থম্মোয়না বাবসে
খঙহবোইয়েকো মুজা-ও!
পাখংগী য়ায়া ইপাওমক্তবু
হো তারবদি মুজা-ও
লাইজ ঈশিংমক্তবু পুরগা
পাখংগী নাক অ'সদা
খোঙকাপ নৌরা থাংলক্লোনে
হো মুজা নংবু শকহেনবী!

মৈতৈ ২—তারমগদ্রনে পাথৌ?

মৈতৈ ১—তা-তাদবা ঈশৈনিদনা।

হা মুজা নংবু.. ( ঈশৈ শকপা হৌবা )

( অথাপ্পদগী ময়দনানা খাকনা-খাকনা নোকলকই।)

মৈতৈ ২—করিনো পাথৌ,

নম্ম কনাদি ওইরিগবা ?

মৈতৈ ১—খঙদোনে পাথৌ,

কয়াদা উশিংশিন্দ্রবা মীনোকনো ?

(য়াম্না নকনা অমক নোক্লকই।)

মৈতৈ ২— করিনোনহে পাথৌ ?

খোঙ্গুল অসি তারগা

তুজুং-মাঙ্গুং ফাওইনা।

মৈতৈ ১—কমদৌসিগে পাথৌ,

চীংঙু খোইযুম ওইসল্লবদি ?

শীংজা মপোৎ ফাদ্রবস্থু

চৎহৌরসিরা ঐখোয়না।

( ময়দনা চঙলকই।)

ময়দনা হা হা হা···

হায় তম্বা অনিমক,

লোইবী চীংদা তাবল্লা

তমদা লৈবা তম-মীরা ?

মৈতৈ ১—( কিরপ্পা ) তম-মীনি ঐখোয় অনিমক

ময়দনা -- আ অত্তদি তম্বশা,

নখোয় অনিগী মরক্তা
তম্বা 'অমা হৌজিকমক
মৈতৈ নিংথৌ মনাক্তা
খোঙদোই হুনবা তারেদো।

মৈতৈ ২—ঐখোয় অনিমক ?

ময়দনা— অনি নত্তে, অমত্তা ;
তম্বা অমনা চৎথ্রগা
তম্বা অমনা ইনাক্তা
লেংদনা লৈহৌগদবনি ।

মৈতৈ ১—মৈতৈ নিংথৌ মফমদদি
য়াম্না করি চিঙ্গোইগদবা ?

ময়দনা – মৈতৈ নিংথৌ মফমদা
থাগী লৈবাক্কী ময়দনা
লাকই হায়না পাওদমলু।
মৈতৈ নিংথৌ মশামক
মখোঙ থোঙনা লাক্কুনা
ময়দনা ঐবু ওৎগদবনি ;
মহাক হেক লাকত্রফাও
ঙাইরমথিগনি লোইবী চীংথকসিদা।
অতুগা কাওরোইদবদি তম্বা,
নিংথৌ মানা থৌন্নবদি
'নাক্তা লৈহৌরিবা তম্বসে

ঐনা চন্না তমগনি ;
থুনা চত্তুনা চিঙ্গোইরু ।
মৈতৈ ২—চৎকদবনা কনা ?
ময়দনা— চৎকদবা তম্বা অত্থদি
লোইবী নাপোম য়েনা
শেশকখিবা নিপা মহাক্কো ।
রাহৈ - রাতা হৈরমনি,
মানা পাওদনুমরগা
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
খোঙকাপ থুনা খোঙদোইরক্কনি ।
মৈতৈ ২—( য়ান্না কিনা ) অত্থদি পাথৌ,
ঐ লৈহৌবা তারবা ?
মৈতৈ ১—খঃদেনে পাথৌ !
মৈতৈ ২—চৎলোকো পাথৌ,
অশম্বা লম্বী য়েংহুনা
খন্না থুনা মচৎলু ।
নংনা হল্লকপা মতমদা
ঐদি হিংগনি থাজদ্রে ।
মৈতৈ ১—চৎকে থুনা মরুপ
খোইয়ুম মানা কনবিসনু ।
ময়দনা— ইয়া ! কৈদোরে তম্বা ?
রাংলেন অসে থেঙথ্রেহায় ।

মৈতৈ ১—চৎচরগে, শাওবীনু ।
ঐনা হল্লকপা মতম ফাও
হিংলমখোকো মরুপ ! ( চৎখি )

মৈতৈ ২—( কপ্লুনা ) হো মরুপ মু শিবা,
ঐ করিমত্তা থাব্দ্রে ।
লাইবক থীরবা নপীজানা
ঙসি তারিবা অরাবংস
নচন্দমু থরা তথীখ্রকো

ময়দনা— হা হা হা···
কপলে তশা নহাক ?
কপ্লনা হিংগদবা লৈরবদি
কপ্লু নথরায় পেল্লা ।
অতুবু তম্বা !
ঙসিগী চরা নোংখল্লবা
ঐনা নংবু চারনি ।

মৈতৈ ২—( কপ্লুনা ) নত্তে নত্তে চাবীগনু ।
খাগী সনা শকহেনবা
ঐবু থাদোকপীয়বা ।

ময়দনা — নংবু থাদোকপা ?
হা হা হা···
( মৈতৈগী খুদাং পায়রগা ) মীওই মপোক অসিদগী
নংগী থরায় চেক্লাদো
ঙসি থাদোকপীরনি,

হকচাং পোল্লাং থম্লমহ্নুনা
ননিঙ তৌনা পাইখিবা
য়াহল্লনি ঐহাক্লা।
হা হা হা হ'....

মৈতৈ ২—(হীক-হীক কপ্পুনা) হা পলেম অ'পোকপী
নপাম্বী ঐদি লোইরে'দো;
ঙসি কোম্বৌ নোংজাদা
তাইবঙ চেংজেল থমলনি।
হা শানৌ নংদি মুংশিবী!
নথংলেন ঐগী অন্নাবা
খঙ্দরেদো নহাক্তি।

ময়দনা কল্পনা কাম্বারাই তম্বা!
ইতুং-খোঙ্দাই হুল্লক্লো,
অা মাঙদা উরিব
লোইবী লোকচপ তসিদা
তম্বা নংগী শাদোংনা
ঐগী চন্না তমলগে।

( ময়দনা মৈতৈ নিপাহ্নবু কম্না চিংহি, মৈতৈনা চৎলোইদবগী কম্না য়াম্লে।)

ময়দনা — ইয়া মৈতৈ!
শিগনি খঙনা শিনিংদবা
নমু তাইবঙগী চৌনশাম্না?
নংনা ফনা হোৎনদুনম্ম

করমনা লৌৎকনি ইখুত্তগী।

হা হা হা…

মৈতৈ ২—( কপ্পুনা ) হা মরুপ মুংশিবা !

ন্যংদি হোজিকফাও য়োত্রিবাই ;

নপীঙ্গা এদি লোইরেদো।

ময়দনা — হা হা হা….

( ময়দনানা মৈতৈবু শোরো-শোরো চিংহুনা পুখি।)

---

## ৫ শুবা উৎপা

## মৈতৈ কোন্নুং

( য়ায়েন-চৈরাক লোয়শঙ। নিংথৌ, অঙম্বশিং অমদি থৌগন্নাইনচিংবা পুম্নমক শুনা তিল্লে। থোঙ-শঙবা নিপা চঙলক্লগা নিংথৌদা খুরম্মী।)

থোঙশঙবা—এবু লোইবা লৈমাবা

ননাইবু লোইবা লাইনিংথৌ

নদায়রেম অরাং-থোঙ পুবনা

সনা খুয়াখাদা পুনেমজরী।"

মোংয়াম্বা— করিনো হায়সি ইদায়রেম ?
হায়নিংবা য়ারা নপাওদি
তন্দনা হেকমক হায়দোকউ ।

থোঙশঙবা—ইনিংথৌ !
ননাইনা পুবা মথোঙদা
মৈতৈ তম্বা 'মা
তফিং-তফিং লাক্কুনা
ইনিংথৌবু উমজগে হায়রকই ।

মোংয়াম্বা—অদুদি তন্দনা চংহল্লকউ তম্বদো।
( থোঙশঙবা চংখি ।)

অঃ ননা— মৈতৈ লৈবাকী য়োইমরেল
মীংচং চাওবদি ইবুংঙো,
হন্দক মরক অসে
মৈতৈ কংলৈপুংসিদা
মওং অমা তৌদৌরি ।
নবুধৌ ইবুংঙো পাখংবনা
অঙকপা থুদম কয়াদি
তত্তনা তাকপগুম তৌইদা ।

মোংয়াম্বা—অচুম্বনি ইপু মায়চৌ !
হন্দক মরক অসে
মওঙ অমা তৌই,
থাগী লমগী ময়দনাগী

খুদম পীবা ওইবা য়াই ।
থোকদবা থোদোক পুক্নিংক
ইবুধো পাখংবনি খুয়াথাদা
ইঙ্গোকচরি মশু ঐহাক্না ।

( মৈতৈ নিপা চঙলক্লই । )

মৈংনিপা—(মথুং লোন্নতুনা) ভাঙোই লৈবাক মপুরেল,
নদায়রেম মৈতৈ 'চানা
পুনেমজরী সনা খুয়াথাদা

মোংয়াম্বা-- হায়গ্নু ইদায়রেন !
তফিং তফিং লাকপদি
য়াবা করি চিঙোয়নিংঙি ?

মৈংনিপা—মৈতৈ নিংথৌ ইনিংথৌ !
ননাই মৈতৈ 'চানা
অরাং লোইবী চীংদা
ইপীজা 'নগা লোয়নবা
পামেল শাংজা লাংলিংতে
অকি শক্রুম্ লৌরবা
ময়দনা হায়না কোনলেয়বা
থাগী লমগী মীওই 'মা
লাক্নুনবু থুংলরে ।
মানা মরুপপু ফাহোরে,
ঐবুনা ইনিংথৌ সনা নাতন

মাবু ওকপা লাকউ
হায়রু হায়না থারক্লিবনি'।
অদুগীমু মথক্তা
ইনিংথৌনা সনা খোঙলেংবা
য়াংলেন খর ধীএবদি
ফাহৌরিবা ঐগী মরুপ্তা
মহাক্না চাথোক্কানমু হায়রহৌই।

মোংয়াম্বা—অদুদি—
( থোঙশঙবা চেনশিল্লকই )
কৈদৌরে ইদায়রেম
নংনা তম্না লাকপদি ?
নিংশা থবেৎ-থবেৎ হোনবনা
হায়য়ু করি মরমগীনো ?

থোঙশঙবা—ইনিংথৌ !
নদায়রেম ঐনা পুজবা
অয়াং থংবা য়থোঙ অদুদা
মীশক মীওই খঙদবা
কুচুনা কুম্মুক য়ুবা
অকিবৈ মশক ফংলবা
কনানো অমা লাকহৌরে।
ঙ্‌ঙ্‌-ঙ্‌ঙ্‌ ঙংলদুনা মহাক্না
ইনিংথৌবু উন্নগে হায়রকই;
অদুদা ননাই ঐনা

য়াথং লৌরুখিগে হায়বদা
ঙাংশং ঙাংলবা মমীত্তুনা
শংত্রিক্ য়েংলে হায়রগা
ঐঙোন তম্না চঙলকই ।
অত্তুদগী ননাই ঐহাক
অকি তুজুং পোক্লত্তুনা
চেঞ্জরক্লিবনি সনা নাক্তা ।

( ময়দনা চঙলকই । )

ময়দনা— হা হা হা....

( উশিন্তনা ) কদায় মৈতৈ নিংথৌ ?
ঐ লাকই তারবদা
হৌজিক কাও' মচি লেঙ্গবা ?
নথৌনা কয়াম লৈত্তুনা
উশিত্তবনো ময়দনা ঐহাকপু ?
নবুংঙো খাগী নিংথৌনা
লোইনিংথৌ নংগী নরমদা
ইনিং তৌরু থারকপা ঐহাকনি ।

অংননা– ( শাওনা ফূক হৌগত্তুনা ) করি খাগী হিংচাবা ?
মৈতৈ নিংথৌ মমাঙদা
মচোম-'পাক নাইদবা
য়ারা মপাও পীব'দ
লালুপ চোমায় ককপা ঙম্বা

মৈতৈ অঙম্বা লৈ
খঙদবরহায় মীতম্বাল ?

ময়দনা — হা হা হা ···
মৈতৈ অঙম্বা ?
হা হা হা ...
ময়দনা ঐবু হাৎকে
খল্লবশাই মৈতৈ ।
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
ঐবু লাক্লবা ভমদ্রহুনা
মৈতৈ নখোয় নরমসিদা
ইনিঙ তৌনবা থারকপনি ।
করিগুম্বা নখোয়না ঐঙোন্দা
অথিং-অপন পীরবদি
মৈতৈ মচা নখোয়
নমং নখুৎনা পায়জবনি ।

অঃ ননা—হা হা হা····
হায়, ময়দনা হায়বা অঙাওবা !
নংগী য়ারা অহুদি
ঐদি নোক্তুম নোকথোক্কে ।
হা হা হা....
খঙজো মীমুংশি খঙদবা !
নবুংঙো নিংথৌ পেয়াঙ্গুদি

মৈতৈ ঐখোয়গী লোইনি,
নংবু লাক্লবা ঙমপ্রহ্না
ঐখোয়বু মাগী লোইনি
লোনম রাহে হায়রহ্না
নংবু মৈতৈনা হাৎনবা
লমদমসিদা থারকপনি

ময়দনা — করি মৈতৈ ?
হা হা হা..

মোংয়াম্বা—ঙাইখো অনিমক,
ইপুস্ন ময়দনা নহাকস্ন।
নিংথৌ ঐগী য়ারা
ঙাইহাক পুঙ্গোয় তাখো।
তাও ময়দনা !
মৈতৈ নিংথৌ ইফমদা
য়ারা করি হায়নিংবা ?

ময়দনা - মৈতৈ নিংথৌ !
মংগী পোটইরৈ মৈত্রবাক'সিদা
ময়দনা ইনিঙ তৌনা
হায়না ভঙ্গা পাল্লগা ?
নত্রগা ঐগী ইফমদা
নকোক নোম্না চঙজহ্না
নমু তাইবঙ অমমম

নিত্তিগী চাকথাক হুনগেম্বা ?
মোংয়াম্বা—নৱাহৈ হেনমল্লি ময়দনা !
থকসী খ্বাসী নাইদবা
শাৱমচং অহু থাদোকউ ।
ঙসি নংনা হংলিবা
ৱাহং অহুগী পাওখুমদি
হয়েং ইমুং ঙাম্নগা
নিংথৌ এৱনা পীগনি ।
মতম অহু য়ৌত্রিফাও
লমলেন নিত্যাইপাংকী চুংথক্ত
নোংলেন্দুনা লৈক্লথো ।
করিগুম্বা মসিদা
ঐগী য়াৱা ইন্দনা
ননিঙ-নখা তৌৱবা
ৱায়েন-চৈৱাক লাকুনি ।
ময়দনা — হা হা হা…
মৈতৈ নিংথৌ !
লৈবাক 'মগী মপু ওইবগী
নংনা অহক হায়জবা
ময়দনা এৱনা য়াবীরে ।
হয়েং ইমুং ঙাম্নগা
য়াৱা নপাও হন্দোকপা

তাঙলৌ গেঙনা লাক্লবা
লানফম অমা থোক্কনি ।'

মোংয়াম্বা—ফৈ ময়দনা,
ঐস্থু মত্থু পাম্মী ।
চৎলো ঙসিদি নহাক ।

ময়দনা— চৎলে, মৈতৈ নিংথৌ !
পাওখুম ঙাইরি হায়বনিদি
কাওক্সন খীগন্নুকো মৈতৈ ।

( ময়দনা চৎখি । )

মোংয়াম্বা—শিঅ। খাগী মচা!
শিরমদাইদা লমকেৎপা,
য়ারা - মপাও অসিদি—
মমং নক্লে খঙদবশাই ।
( মায়চৌদা ) ইপু নানা মায়চৌ-ও !
হয়েংসে লালদি শোয়দ্রে,
অচম্বদি ওইরোইদৌরিবনিনা ।
ইবুধৌ পাখংবা মহাকপু
ঈরাৎ-থৌনিজবা তারে ।

অঃ ননা—অচুম্বনি নিংথেম !
ঈবুধৌ পাখংবগী মকমদা
লৈশি লৈথোঙ্গত্থনা হায়জসি ।
সনা পুক্লিং মক্তমা

নবুধোবু চেৎনা থাগোম্না
পায়মা হিরি কোবীয়্।

মোংয়াম্বা—অডুনদি ইপু !
ঙাসিসি ঈরাং-থৌনিজনবা
মতাম্ অনি রাইদা অম্বুম
ঙসিগী লেৎযশঙ লোইশিল্লসি।
অদুগি হাৎলম শগবনা
হয়েংগী লোয়শঙনা চথরগি।

অং নানা—য়ান্না যংনি নিংথেম !
কোরৌম্ব মমি শাগাক্রে
ঙসি' ইমুং অদিদ
নবুধৌবু ঈরাংচরসি ;
হৌজিক্তি সনা শঙ্গায়নুংদা
সনা খোঙলেঙশিল্লগি নিংথেম !

মোংয়াম্বা—ফনি ইপু !

( নিংথৌনা মাঙ থারতুনা ময়াম মথং-মথং থোকখি । )

[ তপ্না-তপ্না ফিজং হাইজিল্লকই ।]



# অনীশুবা তাঙ্কক

## ১বা উৎপা

### মৈতৈ কোন্নুং

( মোংয়াম্বা নিংথৌগী সনা-শঙ্গায়। অহিংনি. নিংথৌ মোংয়াম্বা ইমুংদগী থোরক্লগা খুরু-খুদক বুন্দুনা পাখংবা খুরম্মী। মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌ চঙলকই। )

অঃ নানা— নিংথেম !
নমুথৌ পাখংববু পুনমজনবা
বাংলেন ভাইদুনা লৈবীরম্লে।

মোংয়াম্বা— লৈজরম্লে ইপু,
হৌরসি ঈরাৎ থৌনিজবা

অঃ নানা— হৌরনি নিংথেম !
তারিব্রা থৌগল্লাইশা,
অপোক-অশা অথেনপোৎ
ঈরাৎ-থৌনিদা চঙগদবা
পোংচঙ-পোংলম শুনা

পুয়ক্লো মফম অশিদা

( থোগম্মাইশিংনা লাই খুরুম্নবা পোৎ-চৈ, অথেন পোৎনচিংবা পুশিল্লকই । )

( পোৎ মচা অমা লৌরগা ) নিংথেম !

সনা মীৎয়েং তাবীয়ু;

সিনা সনা কোনয়াইনি,

সিনা লুপা কোনয়াইনি ।

সনা লুপা হুন্দুনা

নবুধোবু পুনেমজরসি ॥

তরাই তরাইদি খনফদে,

পায়মা হীরী কোন্দুনা

চেৎনা থাগোম্নৌ ।

মোংয়াম্বা—ফগনি ইপু মায়চৌ-ও !

অঃ নানা—পায়মা হীরী কোনবীয়ো

ননাই নপু হৌজরগে ।

( মায়চৌ অপোই নানা মচানা খুরু খুদফ খুম্মুনা পাখংবদা লৈশি-লৈথোন্দুনা ঈয়াং থৌনিবা হৌই । )

হে খোয়ুম হয়া হয়ুম

শিদবগী মপানী অহেনবা

মীংলেন্না কোয়ৌদগী হেন্না

মশেক থোক্লা ডাঙবা

তাইবঙ ফুকপ শেম্বীবা
নভীক নঙন চাওবা
তাংজ' শক্তম লৌ
পোইরৈ থুংনা চাক্তাবা
কোলোয়না নংগী লংলবা
নোংদা লাইরেন পাখংবা
সনা কোঞ্জিন তুংগাকপা
নদায় তংম মৈতৈ 'চা
নশু নিংথৌ মোংয়াম্বা,
লাইনিংথৌ নংগী সনা-ঈ
মাঙক্ষদ্রবা নংগী মী খৈবু
পায়মন্ন দা চেৎনা থাগোন্না
পুনেমংরিয়ে লাইনিংথৌ !
কুবিহৈবা নহাক্রি,
নত্রিক্কা পোইরৈ থুংবনি,
চী ঙু মাংয়েং শাংখৈবীযু;
খোইযুম নোংদম্ তখীযু।
ইমু তৈনা ঙাম্লগা
হুয়েল-লাম্হেং তমগৎবা
চীংঙু নতেং য়াওদনা
নদায়' পাঙ্গল লৈজদে
খোইযুম নংনা কুবিবা

চানবী-মীৎয়েং শাংখৈবা
অত্তুনা নদায়রেমগী
পায়মনা নিঙবা থুংজবনি ।
তমথিবা ফজ্রবা
ময়দনা মাগী কোলোয়বা
খাংগী চা হিংচাবা
খোইয়ুম নত্তিক থওইদা
মেতৈ নিংথৌ মমাংদা
মরাংগী লোইশিনবা হৈতনা
হায়েল লানশিংলরিয়ে ।
নত্তিক নঙন চাওবা
খোইয়ুম নংদি লাইনিংথৌ !
লংলবা সনা পুয়াদা
অমকপা খোরি লৈফদে ;
পোয়রৈ নরুম কনবীয়ো ;
খোইয়ুম নংনা কুবীয়ো,
চহি কুমজা থুদিঙগী
লৈবাক মরা তপহনবীয়ো,
চীংঙু নংগী নফমলাং
চঙজরিয়ে নদায়রেম ।
( হোগৎলগা ) নিংথেম !
লোইরেদো হৌজিক্কি থৌনিজবা ;

শঙ্গায় মুংদা লেঙশিন্নবা
থৌরাং অতুক নপুনা ।

মোংয়াম্বা--ইপু নানা মায়চৌ-ও !
হৌজিক্তি ঈরাৎ থৌনিজরবনিনা
ইবুধৌ ইবুংঙো পাখংবনা
মীৎয়েং শাংখৈবীরনিদে ।

অং নানা - চানবীহৈবা নবুধৌনি,
করিগী শাংখৈবীদদগে ।

মোংয়াম্বা—ফরে ইপু,
ঙসি ইমুং অসিদি
নপু ঐগী শঙ্গায়মুং
অরা পোথানবীরো ।
নপু—ইপু অনিনা
হয়েং ইমু তেবগী
ময়াম অমা অনিদং
অতুক চাক্লা মাতানসি ।

অং নানা—ফনি নিংথেম ! লেঙশিনবীরো
ননাই নপু ঐহাক্না
সনা থোগন তৌজগে ।

মোংয়াম্বা -লেঙশিনবীরক্লো ইপু !

( মোংয়াম্বা মৈতৈ অম্বা অপোই নানা মচা
মায়চৌগা ইমুংদা চঙখি

খোঞ্জেল—( অরাম্বদগী লাওরকপা) তাও ইদায়রেম্ম

মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
করিগী পায়না পিরুক্কুং
চিংন-পরৈ লৈবগে ?
অরাং-কিশি কিগন্নু,
নবুধো পাখংবা ঐন্না
অহিং মুংথিল অনিদা
ইদায়রেম নহাকপু
করিদা শোয়খিগদগে হায়না
ঙাক শেন্দুনতা লৈরিগনি !
চিংনগন্নু নহাক,
হুয়েংগী কারৌ কুমিত্তা
খাগী 'চা ময়দন্নাবু
হাৎপা ওইহজৌ নহাক্কা ;
নবুধো ঐনা তেংবাংবীগনি ।
মৈতৈ কংলা মেন্দুগী
ওরম অরাং পা বদা
তুরেল অচৌবা মপান্দা
খুংশু থাংলেন নিংথিবা
ম্নিংলেন্না থাউ খৌবোম্বা,
অতুগা লোয়নন্না ইদায়রেম
তা খাংমুনহাগা

অনি পুম্না য়ুংছনা
থম্বীরমলবনি ঐহাক্না ।
কাওগনুকো ইদায়রেম,
মশক নাইবা খুৎলাইনি !
তরাই-তরাই খনগণ ;
নবুধো ঐনি খন্দুনা
হয়েং ইমুং ঙানবদা
হুয়েন লাম্হেং চৎপদা
নিংথৌ নখুৎশু ওইজোকো !
পাঙলেন অতুগী মপান্না
মৈতৈ নিংথৌ নরাইবক
থম্বাল শুম ফুগায়না শাৎকনি ।
( মোংয়াম্বগা মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা
মায়চৌগা অমুক খোংরকই । )

**মোংয়াম্বা**—হৌজিক্কী খোঙ্গেল অতুবু ইপু – ?
**অঃ নানা** – মুংঙাইরেদা নিংথেম !
মালং মপাওনি নবুধোগী ;
ঙসিগী ইমুং অসিদা
ইশু ইপূ অনিনা
নবুধো পাখংববু ঈরাৎচবা
লেপনা ম'হ পীবীরে,
কুবীরেদো ইনিংথৌ

নোংয়ায় ইচীক হুন্নকপসিদা
য়ারা মিতদ্বীছনা
থাঙ-তা থদ্বীরমগে
তরঙ মপাও থাবীরক্লে।
ইম্নুং মানা ওাল্লমদাই
তুরেল অচৌবা মপান্দা
খুৎশু-খোঙ্গুল লীরুসি ;
কুবিহৈবা নবুধৌবু
থরায় হকচাং য়াওনা
পুনেমজসিনে নিংথেম !

মোংয়াম্বা—ফনি ইপু !
(মথুং লোম্নরগা) হে ইবুধৌ মোইহেনবা
নোংদা লাইরেন পাখংবা !
নশু ঐদি মোংয়াম্বা
তোল্লবা মৈতৈ নিংথৌনা
পুনেমজরী নহাকপু।

( মোংয়াম্বগা মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌগা অনিমক খোঞ্জেল লাকপা মায়কৈদা মমায় ওন্দুনা খুরুম্মী। )

## ২শুবা উৎপা

### তূরেল অচৌবা মপাল

নোংঙাল্লমদাইনি ; তোর্ব্বান্দা থাঙ খোংবোম্বা তা খাংশুনহাগা য়ুংহুনা লৈ । মৈতৈ নিংথৌ মো য়াম্বা মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌগা সেংযননা চঙলকই । )

অঃ নানা— মীৎয়েং তাবি, নিংথেম !
নবুধৌ পাখংবনা কুবিনা
খুৎশু থাঙদি খোংবোম্বগা
তা খাংশুনহাগা
অনিমক য়ুংহুনা লৈরে ।
ইনিংথৌগী সনা - খুৎশুনি,
লৌশিনবীরো হেৎজিক্কি ।

মোংয়াম্বা—লৌশিনজরগে ইপু !
ইবুধো মাগী থোজালনি,
মাঙফম্রবা খুৎশুনি,
তরাই-তরাইদি খঞ্জরোই ।
ইবুধোমক্কি খঞ্জহুনা
ঈরাৎচহুনা থমজগে ;

নশুনা চরৈ-নমথাং
ফিগ'ও শানা য়াজগে,
ইপুনা অত্থক লৈরগা
হাপ্পীয়ু নশুগী ফিগাওগুংদা।
অং নানা—হাপুদিকো নিংথেম !
মতিক ময়'য় লৈরবা
মাঙফদ্রবা খুৎশুবু
করিগী তরাইনা খনগনি !
পুক্লিং অনিদি লোঙফয়োই।
(থাঙ তাগী মন'ক্ত চ সিল্লুগা) হে ইবুধৌ
নোংদা লাইরেন পাখংবা
সনা কোংহিংস ভুথোকপা
নদায়রেম মৈতৈ 'চানা
চৌংডু ন'গী নফমদা
পুংনমজরিয়ে মোল্লুক্লা।
ইবুধৌ নংনা পীনবা
থৌজালগী মশক ওইরবা
মাংফত্রবা থুংশু অনিসে
লেপ্‌কজর্গ নদায়ারম্মা।
চেংনেম ওয়রন থঙদবা
অপঙংদি নদায়নি,
'হৌন-লোনচৎ কায়খিবা

অয়োল-অম্নান খিবিক্তি
খোয়্নম নংনা ঙাকপীয়ো।
( খুরম্নগা য়ুংলিবা থাঙ-তা অনিচ্ লৌচ্না
মোংয়াম্বদা পী। মোংয়াম্বনা নমখাঙনা ফিগাও
শারগা ওকই। )

মোংয়াম্বা—মুংঙাইজরে ইপু!
ইবুধৌ পাখংবা মহাক্না
থাঙ তাবু পীনচ্না
য়ারা পাওতাক তাকপীচ্না
ঈরেল' মফম অসিবু
নশু মোংয়াম্বা ঐহাক্না
কোলোয় অমবু থোঙ্গগে।

অং নানা—থোনবীসিদা নিংথেম!
সনা-পুক্লিংনা খোয়দাবা
কোলোয় অদো তাকপীসি।

মোংয়াম্বা—হয়েং চারোন শুরোন ফাওবদা
হুমিৎ থা অনিনা
কোয়ৌ থক্তা ঙাল্লি'খৈ
খঙনহৌবদি ওইরসমু;
ইবুধৌ সনা পাখংবনা
খাগী 'চা ময়দনাবু হাৎনবা
য়ারা পাওতাক পীচ্না

থাঙ-তাবু থম্বীরম্বা
লমলেন ঈরেলগী মফমসে
'পাওতাক-ঈরেল, থোল্লগে ।
অঃ নানা—মতুমক ওইসমু নিংথেম !
হয়েং কায়নথং ফাওবদা
ঈরেল মফম অসিবু
পাওতাক ঈরেল হায়না
থঙনাহৌরসমু তাইবঙনা ।

---

## ৩ শুবা উংপা
## মৈতৈ কোন্নুং

( নিংথৌগী সনা শঙ্গায় ; মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা লাল চংকদবগী শেম শাগ্নি । লালগী ফিজোল, শেংচিল্লে, নাকন্দা থাঙ খোবোম্বা য়ানশিল্লে । তা থাংগুনহাগ্ন মথুত্তা পায়রে । তাঙ্গাসিদা মৈতৈ লৈমা কাইনৌ চাংবোম্বী ইমুংদগী থোরকই । )

মোংয়াম্বা—লৈমা কাইনৌ চাংবোম্বী !
ঐহাক ছুয়েল-লালদি চংলগে,

য়াইফবদি ওইনবা
ইবুধৌ পাথংববু নহাকনা
পায়মন্নুংদা চেৎনা থাগোম্লরম্মুকো ।
কাইনৌ চাংবোম্বী—ফগনি ইনিংথৌ !
মায় পাকপ'দি ওইবীয়,
ননাই মুপী ঐহাকনা
ইবুংঙো নংগী য়াইফনবা
ইবুধৌ পাথংবা মহাকপু
চেৎনা থাগোম্লজরম্মগে ।
মোংয়াম্বা—মীরাইফদেকো লৈমা.
অঙোম চন্নু শকহেনবী !
ইবুধৌ পাথংবনা কুবীবতনা
নং ঐ অমদি
মৈত্রবাক অপুম্বা অসিগী
য়াইফবদি ওইগনি ।
কাঃ চাংবোম্বী—অদুদা ইনিংথৌ—
ননাই মুপী ঐহাক্না
ইশা অসে লূম্নলকপা
থাবুম মশীং য়ামলকপসিদা
হুয়েল লাম্ফেংনবসিবু— ।
মোংয়াম্বা—হ হ হ··· ····
অদুগীরম্বে লৈমা,

চিংনরুগম্মুদা কন্নিমত্তা।
ইবুধৌ পাখংবা লৈন্নিনা
খোইয়ুম মানা কুবীসন্নু ;
ছুয়েল মায় পাকপদি
ওইগনি চীংঙু, মপাও তাকপীরে।
ইবুধৌ মাগী মফমদা
নং ঐনা কায়দবতনা
পুম্নমক চানবীবা নত্রা ?
ইবুধৌ পাখংবগী থৌজালনা—
নাওয়োমম্নুংগী থরায়বু
পান্নীদি ওইবা ওইসন্নু।

কাঃ চাংঃ—ননাই ম্নপীনা পামজ্ববস্নু
মত্থমক্তি ইনিংথৌ।
শাগৈগী মৈরা মুত্তনবা
ইবুধৌ পাখংবনা চানবীসন্নু।

মোংয়াম্বা—চানবীসন্নু লৈমা,
চানবমকস্নু চানবীন্নি।
লৈহৌরো, ঐ খোঙশাল্লগে।

কাঃ চাং—অহানবদা ক'দামদা—?

মোংয়াম্বা—রায়েন লোয়শঙ য়ৌরুখিনি,
ইপুথোয় থরায় ময়াম
হান্না অদুক উন্নখিনি।

নপুরিংদা চিংনগগুকো নৈমা !
চৎলে, ঐ চৎলে !

কাঃ চাঃ—লেঙবীরো ইবুংঙো !
মায় পাক্লা হনবীরকউ ।

মোংয়াম্বা—(চৎনা ২) ইবুধো পাখংববু কাওগন্নুকো।
মীরাইফদবা চৌংঙুনি । ( চৎখি )

কাঃ চাং—হে ইবুধো ইবুংঙো,
নোংদা লাইরেন পাখংবা !
নগুবু ঙাকপী কোনবীয়ুকো ।
থাংলেন মীৎকুপ অমফাও
চৌংঙু নতিক অহেনবা
কাওজদকো নমাইমা ;
খোইয়ুম নতিক নঙ থনা
পানজবনিংদা ননাইনা মৈত্রবাক্তা ।

( কাইনৌ চাংবোম্বী থুরু-থুদক কুন্দুনা পাখংবা থুরম্মী । )

---

## ৪শুবা উৎপা
## মৈতৈ কোন্নুং

( থোঙশঙবা অনিনা তা অমমম্ পায়রদুনা মথোঙ ঙাক্লি। ময়দনা পাক্লবা থাঙ অমা পায়রদুন লাকই। )

ময়দনা—( শাওনা ঙংলদুনা ) মৈতৈ নিংথৌ !
য়াম্বা ঙাকপা হৈতবা
মীমম শোর্‌রী-মক হৈবা
মীথিবোং মীতম্বাল !
নিপামচা হায়বদো
অদুমা মৈতৈ মচা ?
নপাঙদি অদুক পাঙদ্রগা
মৈতৈ নিংথৌনি হায়দুনা
ফম্বাল থক্তা ঙানবশাই।
নতিক হৈতিক থঙনসি
কৈদৌরি হৌজিক ফাওবা ?
ফম্বাল থক্তগী চিংথরগা
থোংপাক্লা থরো তাবীগে ?
থবায় মচা অপিশক

খুবীমা পেং মেংখাইগে ;
থোরকউহায় ঐগী ইমাঙদা ।

থোঙশঙবা ১—খাগী তম্বা !
লাইরেম্বাক লমদম অসিগী
খোইয়ুম পাখংবগী মশুদি
মৈতৈ নিংথৌদা অতুগুম্বা
য়ারা কামজা৭ হুনবদি
নচীন-নরৈ কেনগনি ।

ময়দনা— হা হা হা ....
করি মৈতৈ মচা ?
নত্তিক করি লৈহ্রনা
ইথক্রা রাদি ঙাওলিবা
(থাঙ উৎলগা) থাঙলেন থাঙপোক অসিন
ময়ায় থায়বোক খ.য়
তম্বা চন্না তম্মুন্না ?

থোঙশঙবা—এ-এ...(কিবনা থোঙশঙবা অনি চেজেং কোনশিল্লি

মোংয়াম্বা—( মন্নুংদগী ) হায খাগী মচা;
ময়দনা হায়বা মীফম্ভ'
নত্তিক কয়াম লৈহ্রনা
মৈতৈ ঐগী ইরমদা
চন্নাং-চরাঙ তৌরিনা ?

থোগলোন লীচং কায়রবদি
নথরায় মাঙগনি খংত্রংগায় ?

ময়দনা—( য়াম্না উশিত্তনা ) হা হা হা ···
মৈতৈ নিংথৌ !
শিরমদাইগী বাংলেন মীকুপ্পা
অদুম্না পঙ্ঙাও থাঙজবগী
নথোনাকাপ্ত লৈরিংবাহ ।

মোংয়াম্বা—( মপুংদগী ) উম, লে থাগী 'চা !
নংদা কিত্না চেনগনু,
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বদি
থোঙকম নাম্বফাও হনবিরোই ।
ঙসি কোয়ৌ সুমিত্তা
নংগী লুয়েল কল্লগা
মৈতৈ ইতিক খংহনগে ।
খুৎত্ত তিমেন তাসিনা
নথবাক ঈরম ফাৎকেদো ।
লৈরম্মুদো খঙগানি ।

ময়দনা—য়াবা নপাও অত্নদি
কাপ্পয়োইদা মৈতৈ নিংথৌ !
হুয়েল-লাল পাম্নবদি
চোংথোরকই হেকমক ইমাঙদা ।

ময়মনা মায়কৈ অময়োমদা চংখি। থোঙশঙবা অনিচুমা চেপথচুনা য়েংহৌই। মোংয়াম্বা মখুত্তা তাং খাংশুনহা পায়রগা ফন চোংথোয়কই। থোঙ-শঙবা অনিচু চেজেং কোনশিন্নৈ।

মোংয়াম্বা—ইয়া! থাগী 'চা
· পোইরৈ কদোমদা নাথৈরে ?
মীচাক্তা মীহিংচা
শারমচংমা নাওংকোনবা
হিংচা-য়াইতম্বা মীতম্বাল !
থকসি-খাসিদি নাইদবা
চীংঙু মতিক থজবা
খোইয়ুম ময়াই থাজদবা
ঙসি কোয়্নৌ হুমিঙা
নংবু য়াইবী চায়তুনা
থমমুং লৈবাক্তা থাগেদো ;
মৈতৈ ঠৌগী ইমাগুদা
বাঙাও কমজাগু হুনবগী
নক্লে অচু ককথংকে,
থঙগনিদো ঙসিদি।

ময়না—( মন্নুংদগী ) হা হা হা...
নাপলদি হনবা লৈরেদা
মৈতৈ নিংথৌ অপঙবা

মতিক ময়ায় লৈরবা
নংগী নবুধো পাখংবনা
ময়দনা ঐগী খুত্তগী
নংবু কনবা ঙম্বরা
য়েংসিদো হৌজিক্তি ।

মোংয়াম্বা—হা হা হা....
খাগী মচা নংনস্ত
য়ারা অত্থুম্না ঙাওবকো—।

ময়দনা—ঙাঙলে মৈতৈ নিংথৌ,
করিনা নংনা তৌগদবা ?
পাঙনিংবা নথৌ পাংজো ।

( ময়দনা ফন্‌ চোংশিল্লকই ! মোংয়াম্বগী তা খাংশুনহাগা ময়দনাগী পাল্লবা থাঙ অত্থগা অকনবা লাল শোক্কে । মোংয়াম্বনা অমুক তকশিল্লি, ময়দনানা অমুক তকশিল্লি । মমৈথঙদা মোংয়াম্বনা অমুম তকশিল্লকই, ময়দনা মতুং খয়া-খয়া হল্লি । ইথঙ খঙহৌদনা মোংয়াম্বগী তানা ময়দনাগী থবাক্তা লেংতি; ময়দনাগী মখুত্তগী থাঙ তাখি । ময়দনা মখুৎ অনিনা মথবাক্তগী তা অত্থ পায়রগা তুংহন্না তুরোৎই ঙামলোই চেল্লি । )

ময়দনা— আ....হ...

মোংয়াম্বা কমদৌই খাগী মচা ?
মৈতৈ কাঙলুপপু উশিত্তবা
নরাম্না নপোৎ ফারক্তুনা
চীংঙ্‌' চৈরাক ফংলেম্মো।
মতাঙ অসি য়োৎবদা
নংনা কদায়দা চেনগনি,
কয়াম কুইনা খাঙখিনি ?
(মখরাংদা য়াল্লিবা থাঙ খোবোম্বা ফৎ শংলগা)
থুংশু থাঙলেন অসিনা
নংগী চূরেন কক্লগা
মলেম লৈদা খাদগে।

(ময়দনা তাগী চৈনাখোল খাঙবা ঙমক্রক্তুনা চেনখি মোংয়াম্বনা তাম্নখি। থোঙশঙবা অনিক্তু কিবনা থক থক নিক্তুনা লৈরুবদগী চেপথরগা য়েংতুনা লৈহৌই। )

মোংয়াম্বা— (মপুংদগী) হায় পাঙদবা খাগী'চা
কদায়দনো নংনা চেল্লিবা ?
ফংক্রিমথৈ অম্লনি,
লৈরম্মুদো থক্তগনি।
য়াইফসম্মু ইবুধৌ পাংবনা
হা হা হা···

কমদোই হিংচাবা,
চেন্দুনা হিংগদ্রা হায়বা ?
হৌজিক্কি য়াইবী মাঙলেবো,
তাংজ-লুরেন করেদো ।
হা হা হা —
(মোংয়াম্বা মথুং য়েংনা ঈ তৈবা থাঙ খৌবোম্ব অতুগা মথুং ওয়না ময়দনাগী অককপা মকোক পায়রগা চংলকই । )

মোংয়াম্বা— হা হা হা …
ইবুধৌ পাখংবনা কুবীরে,
লমকেং লমহায়বা খাগী 'চা
য়াইবী মথয়াই লৌরেদো !
হায় তয়ুমশা !
য়েংঙুনহায় মাগী লুরেনসে,
কিরগন্নুনে নখোয়বো হৌজিক্কি ।
মকোক কব্রবনিনে,
কব্রবনিনে এনা কব্রবা ।
ইবুধৌ পাখংবনা চানবীদুনা
এনা মাবু হাৎলবনিনে ;
য়েংঙু. য়েংঙুনে নখোয়বো ।
( থোঙশঙবা অনিদু চেপথ-চেপথদুনা য়েংঙি ।)

থোঙশঙবা —ইস ! মশক অসিদি— ।

মোংয়াম্বা—তাও! ইদায়রেম অনিমক,
ঐ য়াবা চিঙ্গোইগে।
থোঙ ১—তাকপীসি ইনিংথৌ!
মোংয়াম্বা—সে, লৌ তয়ুম!
ময়দনাগী তাংজ-লুরেনসে
হৌজিকমক লৈমুং চনশিনগদবনি!
থোঙ ২—(কিরূপ তোনা) সিবু ইনিংথো?
মোয়াম্বা—উন. মাম্নি।
কিবরা ইদায়রেম?
অকি রাখল থাদোকউ,
থম্বায় য়াওদ্রবা তুম্মানি।
কংলাদা মৈমুং চনশিল্লু;
অতুগী মথক অতুদা
থৌত্ত মুংপাক অচোবনা
নিংথিজনা ননশিল্লু।
হয়েং পোইরৈ তুংদ ফাও
চারোন-শুরোন কয়ানা
থৌত্ত মুংপাক্তু উরগা
থাগী লমকেৎপা ময়দনা
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
হাত্তুনা ফুমথি থংনহৌসনু।
থৌদা পাঙহোরো ইদায়রেমশা!

(মোংয়াম্বমা ময়দনাগী মকোক পী ; খোঙ-
শঙবা অমনা য়াম্না কিনা লৌহৌই । মোংয়াম্বা
চংখি । )

খোঙঃ ১—মরূপ সে (মকোক পী)

খোঙঃ ২—হুম, হৈনদে মতু ঐ ;
উংলকুনু য়ারবদি মমায়তু ।
থিকা থিগংলকদবোই নিংতি ।

খোঙঃ ১—সিবু ইতোমতগী থৌদারো ?
নিংথৌ 'নাইনি নহাকস্,
অমুক অমুক পায়নসি ।
ঐসু কিদবোই নিংব্রাও ?

খোঙঃ ২—পায়রুবগী পায়রুবা
নং অতুম মপায়রো ;
ঐগী শরুক থুংলক্লমু ।

খোঙঃ ১ - থুংদবা য়াব্রনে ;
সনা য়াথংনে সনা য়াথং !

খোঙঃ ২ - সনা য়াথং ওইরবসু
লুপা য়াথং ওইরবসু
ঐঙোন্দা হায়রমু মরুপ !
কোম ঐ তৌগে,
ফুমজিনবসু ইথৌদাং ;
পায়মুদদি হায়রমু ।

থোঙঃ ১ – ইস ! বাতা অসিদি....
কংলা য়োবা ফাও
ঐনা অস্থম পায়' তারবা !
থোঙঃ ২ – পায়রো মরুপ, শাওরম্থু ;
চৎলসি লৈপুং চল্লুরসি ।
থোঙ ১ -- ( শ্বর শাংনা অমুক্তং হোল্লগা ) ইস !
ঐবু করি মতৌনোনে,
অস্থম পুবা তারবা ।
হায় য়েংলক-লাক্লকম্থু,
নমীৎ ননা ফজবত্থু
ওনশিল্লকনু ঐঙোনলোমদা !

( য়াম্বা কিনা ময়দনাগী মমায়ত্থু মতুংলোমদা ওলহল্লগা মথুক্ত, খন্না থাপতোক্লপ তৌত্থনা মখোয় অনি তুংথ-মাংথ চৎখি। )



## ৫ শুবা উংপা
### খাগী কোন্নুং

( খাগীগী ৱায়েল-লোয়শংনি। নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌশিং, মনাই-মশল পুম্বা শুনা তিল্লে। )

পেয়াঙ্গু— তাবিয়ু অঙম্বশিং
লোয়শঙ কাবিরিবা পুম্নমক !
ময়দনানা খাগী থাদোক্কনা
পোইরৈ মৈনবাক্তা চংখ্রগা
পেয়াঙ্গু ঐগী পূক্লিঙসে
লৈত্রাদরে থোইনা হেন্না।
করি থৌদোক থোকলমগবা ?
চংখ্রিবা পাওমী অত্তুস্তু
থুংলখ্রিদো ঙসি ফাওবদা
লম্মখাঙদা ময়দনা থেঙনখ্রবরা,
নখ্রগা পোইরৈ মৈত্রবাক য়ৌরিগদ্রা ?
মপাও অমত্তা তারবদি।
পায়মা পূক্লিঙ মীপাইবসে
খরাদ অত্তুক শাফগদবনি।

লিয়ো— তপথবীয়ু ইনিংথৌ !
মীপাইমিগাই থোইনা লৈতেনা।

ময়দনানা হেক চৎখিবদগী
লৈবাক মরা তপলে,
ইরাঙ হোবা লৈত্রেনা।
পেয়াঙ্গু—মহাক চৎখিবত্তদনিনে
ঐনা মীপাইরিবসে অঙম্বা !
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
হাৎপীগ্রবদি ফৈদো ;
নত্তুনা—মৈতৈনস্থ হাৎপীদা
ঐখোয়না হাৎপস্থ ঙমদবা
ঐখোয়গী লৌনম খঙলদ্রুনা
খাগীদা অমুক হল্লক্লবদি
লৈবাক অসি তুমলনি,
মী অমত্তস্থ হিংসরোই !
মত্থন্নমক মতৌরদি
থাকপীরমলোই নং-ঐবুস্থ।
লিয়ো — অচুম্বনি ইনিংথৌ !
পায়মা মুংদা খনবীরিবা
খনফম থোকপা রাফমনি !
অত্থুম ওইনমক ইনিংথৌ.
ননাইনা অত্থক খঙবাদ
মীপাইনিঙাই থোইনা লৈরোইনা।
মৈতৈ নিংথৌনা হরাওনা

হাৎপীগনি ময়দনাব্রু শোয়ন্দনা।
হায়ব্জ' য়াব্রা ঙাকপদা
তৌরোই-ঙমমোই হায়দবা
মৈতৈ কাংলুপকী লীচৎনি
( থাগী পাওমী চঙলকই।)

পাওমী— য়াইফরে ইনিংথৌ!

পেয়াস্থু— আ— লাক্লবরা তঘুম ?
করি করম তৌরে
য়াব্রা-ফিগৈ শেংঙো।
নপাও ঈথৌ লাংবমা
লাঙতক্লরে ঐগী পায়মসে।

পাওমী— য়াইফ:র ইনিংথৌ।
থাগী ঐখোয়না হায়ন্দবা
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
হয়াও-হয়াও য়াবিরে।
চুম্না, চৌম্না পাওদম্বদি
সুংঙাইতে খঞ্জদ্রনা ননাইনা
ইমৌং থৌংনা য়েংববা
কোয়ৌ সুমিং থয়দি
লমদঙ্গরে মৈত্রাবাক্তা।
ইস' অঙকপনি ইনিংথৌ!
ময়দনা হায়বা অসিসু
কন্দবকাদি নত্তেকো;

অহুবু —
লাইগী মচাদি মৈতৈনিদো,
মমৈথঙদা অমুম লাকশিল্লকই ।
মৈতৈ নিংথৌনা পায়রিবা
খুংশু তিমেন অহুনা
মথবাক্তা ফাওরেং লেংবদা
নিংহম্মনা চেললি ময়দনং ।
অহুদগী মৈতৈ নিংথৌনা
তাম্নরগ ৗনাগী থাঙলেম্মা
লুরেন হেক্তা মককই ।
হৌজিক্কি ময়দনাগী লুরেন্দো
মৈতৈ কোন্নুং লৈয়োম্নুং
কংলাদা লৈদুং চলহৌরে ।
পেয়াঙ্গু— মুংচাইরেদা তযুম !
নপাও তাবদি পেল্লিদা ।
আঃ মৈতৈ নিংথৌ !
কল্লকইদা নখোইগী নথৌনা ।
নরম লাইরৈবাক অহুবু
থওইদবদি ঐখোইনা লানবনি ।
চীংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনঙাকপা
মণিপুর সনা লৈবাক্তি

শেংলবা মালেম' লাইরৈবাক্কি।
তাবীয়ু অঙম্বশিং পুন্নমক!
হয়েং ইপুং ঙানবগা
পোইরৈ মৈত্রবাক তন্না
ঐখোয় পুম্বা চৎকদবান।
খুরুমজসি মৈতৈ নিংথৌবু,
মাগা মতিক-ময়াই মখাদা
চঙজরুসি এখোয় পুন্নমক।
চহিগী লোইপোৎ কাহুনা
মকপ শান্নরুগে মহাকপু।
হে মৈতৈ নিংথৌ অথোবা!
নংগী চেংলৌ উনিংবনা
লাংতক্রবে এগী পায়মসে।

ময়াম - (অমত্তা ওইনা) ইনিংথৌ নিংবা থুংবীসি
ননাই ঐখোয় পুন্নমক
সনা থৌগল তৌজগে।



## ৬শুবা উৎপা
## মৈতৈ কোন্নুং

( মৈতৈগী ঝায়েন-লোয়শঙ। নিংথৌ-নাই অনিনা মথুত্ত তা অমমম পায়রহনা নিংথৌগী তাঙবন ঙাক-শেল্লি। )

খোঞ্জেল—লোইবৈ মৈত্রবাকী মহুঙো
ইনিংথৌ মোংয়া-ঙম্বা
সনা খোংলেংথোয়রক্লে।
( নিংথৌ মোংয়াম্বা মনাই মশলনা থৌগন তৌরহনা চঙলকই, অহুগা তাঙবন্দা লেংশিল্লি ঙহাক লৈরগা মৈতৈ মায়চৌ অপোই নানা মচা লাকই। )

অং নানা—(মথুং লোম্নরগা) ঐবু লোইবা লৈমাব
ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ!
ঙাচোই লৈবাক মপুরেল
অহল ওইরবা ননাই নপু
সনা থৌগল কাজরক্লে।

মোংয়াম্বা—চঙবীরকসি ইপু!
লেংশিনবীয়্ন কক্ষমলাংদা।

অঃ নানা—সনা য়াথং ! (মাগী ফক্ষমদা কপ্পী ।)

মোংয়াম্বা—ইপু অপোই মায়চৌ-ও !

ঐগী পায়মা মুংঙাইরে,

হন্দক ময়দনাবু হাৎপসিদি

থাগী নিংথৌনা হায়জর‌কপা

ইথৌ ইঙম পাঙলেম্নো ।

অঃ নানা—অচুম্বনি নিংথেম !

মুংঙাইজরে ননাই নপুম্মু ।

( নিংথৌ-নাই অমা হাথু-হাথু চঙলকই । )

মোংয়াম্বা—কৌদোরে ইদাইরেম.

তফিং-তফিং লাকপদি ?

মনাই -ইনিংথৌ ইবুংঙো !

হারম অরাং পাংবদা

থাগী ময়াম লাকহৌরে ।

ছুয়েল লালদি মানদে,

নত্তবরা হায়বম্মু মচীংনৈ ।

অঃ নানা—অতুক মচেকশিল্লু নখোয় ॥

থৌশাদবাকাদি তৌগন্নু,

তপা ঙম্বা নত্তেদো ।

থাগী মখোয়নবু ঐখোয়দা

ছুয়েল লান্দারকনি হায়বা

থাদি কয়া থাজদে ।
তো'বিমনস্থ খঙত্রবদি
মতিক ওকপা লাক্লয়োইদ্রা,
মৈতৈবু মশক খঙহন্নি ।
( নিংথৌ নাই চৎখি । )

মোংয়াম্বা—অচুম্বনি ইপু !
অদুবু মী' পুক্লিংগী বা
খঙবা ঙম্বা নত্তেদো ।
থাগীনা মৈতৈবু উশিত্তবা
নিংথৌ ইহাকথক্তদি থোকহল্লম্মোই ।

অঃমানা—অদুবুদি নিংথেম !
কৈদগী থোকহনগদগেদো ।
মতিক মপা চাদনা
লম হেন্দ হেল্লবদি
মৈতৈ ইতিক খঙলোইদ্রদো ।
য়েন্দেম থরাক শোইবগুম
অমমম অমত্তা চিংখদনা
মথং মথং শোইথরোইদ্রদো ।

( থোঙশঙবগা থাগী নিংথৌ নাই অমগা চঙলকই । )

থোঙশঙবা—ইনিংথৌ থাগী তম্ব'মা—

থাগী-নাই—পোইরৈ মৈত্রবাক্কী মপুরেল !
খুবাক চাংজো লোম্লনা
খুরুমজরি ননাই থাগী'চা ।

মোংয়াম্বা—হায়সি, হায়সি তম্বা !
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুগী
করি পাওদি পূরকপা ?

থাগী নাই—পোইরৈ মপু অহেনবা ।
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু
চহিগী লোইপোৎ পুহনা
মৈতৈ নিংথৌ নকম্লাং
মরুপ মীঙ্গৌ তমজনিংনা
সনা খোংলেংজরক্লি ।

মোংয়াম্বা—মুংঙাঙ্গীদা থাগী তম্বা !
থাগী ননিংথৌ পেয়াঙ্গুগী
পায়মা খৈনা পেল্লিদা ;
মৈতৈ নিংথৌ ঞ্জৈহাক্লা
তম্লাম তম্লাম ওক্কনি ।

থাগী নাই—য়াইফবীয়ু মৈত্রবাক ।

( থাগী 'নাই থোঙশঙবগা লোয়ননা চৎখি । )

মোংয়াম্বা—ঙসি লোয়শঙদা তিনবীরিবা
অঙম্বশিং পুম্নমক !

স্নথোঙ ফাওবদি থোকতুনা
খাগী নিংথৌবু ওকলুসি।

অং নানা—লেঙথোকসি নিংথেম ; ( ফম্ফমদগী হৌগংলি। )

( মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা, অঙম্বশিং ১দি মনাই মশলশিংগা লোইননা খাগী নিংথৌ ওকপা থোক্কদবগী থৌরাং তৌই। তাঙ্গাত্তুদা খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু, খাগী অঙম্ব অমম্বং মনাইশিংগা লোয়ননা চঙলকই।

পেয়াঙ্গু-- য়াঈফরে মৈতৈ নিংথৌ !

মোংয়াম্বা—য়াইফরে খাগী নিংথৌ !

( নিংথৌ অনিমক মুংশিননা কোম্নৈ। )

অং নানা— য়াইফরে য়াইফরে।
মৈতৈ-খাগী য়াইফরে।

মোংয়াম্বা—লেংশিনসি মরুপ ফম্ফমলাংদা।

( মৈতৈ নিংথৌগী মনাইশিংনা অনৌবা তাঙবন অমা খুদক্তা থোৌরাং তৌই। মতুদা খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু ফম্মী। অতৈ লোয়নরকপশিংসু মাগী অনৌবা ফম্ফমদা ফম্মী। )

পেয়াঙ্গু—মরুপ মৈতৈ নিংথৌ !
ঙসি কোরৌ মুমিত্তা
খাগী নিংথৌ ঐহাক্না

মৈতৈ নংগী নফমদা
খুদোল পোত্তি তমজগে,
তরাম-তরাম লৌবীয়ু।
খাগী ঐগী য়েরুবা
লাকঙম ফাঙমদ্রবা
হিংচা য়াইতবা ময়দনাবু
অদোম্না য়াইবী চায়বীবা
হরাও- মুংঙাই ফোঙদোকচরী,
শিংঙমদবা লমন্দি তোনশিল্লরে।
মোংয়াম্বা—মুংঙাইদা মরুপ !
মরুপ্না মরুপপু তেংবাংবা
করিগী লমন তোনশিনবা—?
হৌজিক্তি খাগী লৈবাকসে
মৈতৈ ঐগী মরুপনি।
পেয়াস্থ— মুংঙাইজরে মরুপ !
মরুপ-মরুপ হায়না
য়ান্না নপাও তম্বীবা
পায়মা অসি পেল্লে।
কুমশি কুমজা অসিদগী
চহি কুমজা খুদিংগী
মৈতৈ নিংথৌ নফমদা
খাগী লোইপোৎ কাজগে।

অতুগীসু মথক্তা
খাগী মচা খরসু
মৈতৈ কোমুংদা থমজগে,
নদাই'লক্তা চনশিনবীয়ু ।
ঙসি কোয়োদগী হে'তুনা
মৈতৈ লৈবাক অসিদা
ঐগী খাগীশিং অশিনা
চেক শাবা হৌদোকহঞ্জগে !

মোংয়াম্বা—পেল্লে, মরুপ পেল্লে ।
মৈতৈ খাগী অনিগী
লৈনরিবা মরুপ মরীসে
কুইনদি হিংবা ওইসনু ।

অং নানা—(হৌগংতুনা) য়াইফরে ইনিংথৌ !
মৈতৈ খাগী অনিমক
ঙসিদগী ইচিল ইনাওনি ।

পেয়াঙ্গু—মরুপ মৈতৈ নিংথৌ ।
ঙসি খাগী ঐহাক্তা
শীঙেল লৈরাং অমক্তং
নফমদা খুদোল তমজগে ।

(খাগী মনাই অমনা ফিনা কূপশিল্লবা শেম্পাক অমা পুশিল্লকই । শেম্পাক্তগী লৈ অমা লৌরগা পেয়াঙ্গুনা মোংয়াম্বদা পী । মোংয়াম্বনা লৈদু হরাও-হরাও লৌই )

মোংয়াম্বা—(লৈবু য়েংলগা) আঃ ফজৈদকো শীঙেলসে
মরুপ খাগী নিংথৌ,
নংগী শীঙেলসি উরগা
ঐগী পুকনিং নোইদা ;
খঙহৌদনা পায়মা মুংওল্লি ।
লৈরাং অসিগী কোলোয়দো
অমুক্তদি তাকউগবা ।

পেয়াঙ্গু - মরুপ মৈতৈ নিংথৌ,
লৈরাং অসিগী কোলোয়বু
করি হায়না হায়রিবা ?
নপীক্কা খাগী ঐহাক্না
মৈত্রবাক লমদম অনিদা
লৈরাংগী অনৌবা মমিং'মা
ঙসিগী কোরৌসিদা থোক্লমলগে ।
শীঙেলসিগী চায় অমা
মৈতৈ কোম্মুং লৈকোন্দা
মউ লিংনবা থারমগে ;
খাগী নিংথৌ ঐহাক্না
খাগী লৈবাক্কগী পুরকতুনা
মৈতৈ নিংথৌদা কৎথিবা
মুমিৎ থানা লৈরি মথৈ

হয়েং চারোন-শুরোন ফাওবদা

অকাও লৈরোল চন্দনবা
শীঙেল অসিগী মমিং
থোল্লমলগে 'খাগী লৈহাও' হায়না ।

মোংয়াম্বা—মুংঙাইরেদা মরুপ !
মতিক চারবা কোলোয়নি ;
শীঙেলসিগী লৈশক-লৈওংগা
থোল্লক্লিবা মরুপকী কোলোয়গা
করিমত্তা খেন্নবা লৈতেদো ।
মরুপ নংনা থারম্বা
খাগী লৈকোলগী লৈরাংসে
মৈত্রবাক শীনবা থুংহনগে ;
মুমিং-থা অনিনা
কোরৌ হংত্তা ঙাল্লি'থৈ
মরুপ্পা থোল্লম্বা কোলোয়
'লৈরাং খাগী লৈহাও'
মৈতৈ' চারোন-শুরোম্না
কাওদবদি ওইরসনু ।

( নিংথৌ-নাই অমা থুনা চঙলক্লগা মোংয়াম্ববু খুরম্মী । )

নিংথৌ-নাই—য়াইফরে ইনিংথৌ ।
মোংয়াম্বা—করিনো ইদায়রেম ?

নিংথৌ-নাই—ইনিংথৌ ইবুংঙো !
মৈত্রবাকী লৈমরেন,
ইনিংথৌগী ননাও ইবেম্মা
নোংবাল্লোল কাইনৌ চাংবোম্বী
থাবুম কুমশীং শুরছুনা
ঙসি কোয়ৌ নোংগী
পুংফম-খেনফম অঙবদা
অশোয় অঙাম য়াওদনা
নাবা অমা ফুয়জরে । .
মোংয়াম্বা—হঃ ! করি হায়বা তম্মুম ?
মৈতৈ লৈমা কাইনৌবু
অঙাং উনরে হায়বা ?
নিংথৌ নাই -ইনিংথৌ !
মোংয়াম্বা-( হরাওনা ) হায়য়ুনে 'ছুদি তম্মুম,
পারীরা ইমোমদা ?
চেংলৌ মশক কমদৌই ?
নংবু উরক্লব্রনে ?
প্রপ-প্রপ হায়য়ুনে ;
থীম্থরগম্মুনে ইদায়রেম,
য়ারা নপাওদো প্রপ-প্রপ ।
নিংথৌ-নাই—পারীনি ইনিংথৌ !
চেংলৌ শক্তি হেল্লিদা ;

হন্দকী অঙাং অসিদি
মতিক মঙাল চাওগনি
অমাইবা অমাইবীনা হায়নহৌই ।
মোংয়াম্বা—লৈমা কাইনৌ চাংবোম্বীদি
করি থোইদোকপা তৌহোদেদনা ?
নিংথৌনাই—ইনিংথৌ !
মৈতৈ লৈমা ইমা
করিসু থোইদোকপা তৌহোদে ।
মপারীবু পেন্না য়েংজরগা
থোইরুম মোমোন তৌদুনা
থম্মোয় মকা লামহৌই ।
মোংয়াম্বা—সুংঙাইরেদা ইদায়রেম !
সুংঙাই পাওদি পুরকপা
মনা মথুম পীগনি ।
নিংথৌ ঐগী লনগৈদগী
সনা লূপা পূথোকদুনা
তথুম নংগী নরাংয়াইদা
থিলহনগনি হৌজিকমক
অঃ নানা—(হোগৎলগা) তাবিয়ু ইনিংথৌ !
মৈত্রবাক মীয়াম পুম্নমক
মৈতৈ থাগী অনিনা
মরুপ শান্নরৈ রাংলেন্দা
মৈতৈ লৈমরেন ইমানা

মপারী অমা ফুইরেদো ;
মুংঙাইবগী মথক্তা
মুংঙাইবা মপাল শাৎলেদো ।
ঙসিগী কোরৌ মুমিত্তা
মৈতৈ থাগী অনিনা
পুম্লপ পূম্না লৈরিঙ
অহল ওইরবা ঐহাক্না
ইনিংথৌগী সনা ঈসিবু
কোংলোয় মমিং থোক্লগে—
লাকওম ফাঙমদ্রবা থাগী'চা
ময়দনাবু হৎপা কুমজানি,
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
মৈতৈগা মরুপ শান্নহুনা
মৈতৈদা লোইপোং কারকপস্মু
ঙসিগী কোরৌ অসিনি !
অসিগুম্বা মুংঙাইরবা রাংলেন্দা
পোকপা নারাগী কোলোয়দি
থাগী ঙগা কুমজাদা
পোকপা নারানি হায়হুনা
"থাগেম্বা" হায়না থোক্লগে ।

মোংয়াম্বা—মুংঙাইরেদা ইপু !
মৈতৈ নিংথৌ ঐহাক্না

ইপু নংনা থোল্লিবা
কোলোয় অদো খোয়দারে ;

পেয়াঙ্গু— খাগী নিংথৌ ঐহাকন্ত
মজা-ইবুংঙোগী কোলোয়দো
তাবদা পায়মা পেঙ্গরে ।
মৈতৈ কংলা ফম্বালথক্তা
ন্নায়েল চৈরাক পায়তুনা
মতিক্লা কোরৌগুম ঙান্দুনা
পুন্সি মুংশাংনা পানশন্নু ।

অঃ নানা—(হরাওনা মথুং থাঙ্গংলতুনা) মুংঙাইরেদা ঙসিদি,
য়াঙ্গফারে ঙসি মৈত্রবাক !
মজা-ইবুংঙো খাগেম্বা !
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা !

ময়াম— য়াইফরে ।

অঃ নানা— য়াইফরে ইনিংথৌ মোংয়াম্বা !

ময়াম— য়াইফরে

[ তপ্পা তপ্পা ফিজ্রঙ হাইজিন্নকই । ]

লোইরবা